# ভগবানগী গীতজেল

শ্রীজিঃ য়াইমা শর্ম্মা
উদেশ্য, শ্রীকৃষ্ণ চেতনা সভা শুগ্নু ।

মঙ পুখা লইবগী ]

[ মমল লুপা ২.০০

অকোঙবা :—
অইবা মশানা



অহানবা শুৎলম
১৯৭৭ ইং কপী ১০০০



লাইরিক ফংফম :—
লাইরিক য়োনফমশিং।

নম্ফম :—
মণিপুর গীতা প্রেস,
শিংজমৈ বাজার, ইম্ফাল।

শ্রীশ্রীগুরু গৌরাঙ্গনা জয় ওইরি

## নম্র নিবেদন

পণ্ডলবা তোম্বা ননাইনা পূর্ণব্রহ্ম ওইরবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী শ্রীমুখদগী চেন্থরকপা অমৃত বাণীগী মশক ওইরবা শ্রীমদ্ভগবত গীতাগী পাউত্তাক মরীক অমত্তং লৌজরগা শ্রীভগবানগী পদারবিন্দদা সমর্পণ তৌজরগা "ভগবানগী পাউজেল" হায়বা মমল য়াওদ্রবা লাইরিক মচা অমত্তং ইদে। অনন্ত জ্ঞানী ওইরবা শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী বাণীদি অরোইবা নাইদে। মুনি, ঋষি, যোগী, জ্ঞানীশিংনা ফাওবদা মপূং ফানা খঙবা ঙমদ্রিবনি। তেল্লবা পণ্ডলবা ননাইগী রাখলনা লাম্বা কংবা খরদং ইজগুনা কে'ঙজরিব. লাইরিক মচা অসিগী মনুংদা অরানবা কয়া য়াওবা গুরুজন, মহাজন অমসুং মরুপ-মপাংশিংনা ক্ষমা তৌবিগনি হায়না আশা তৌই। হরে কৃষ্ণ।

গুরুজনশিংগী খোজাল ভাইজব
শ্রীজিঃ য়াইমা শর্ম্মা

# মঙ্গলাচরণ

হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে ।
হরে রাম হরে রাম রাম রাম হরে হরে ॥

যং ব্রহ্মা বরুণেন্দ্ররুদ্রমরুতঃ স্তুন্বন্তি দিব্যৈঃ স্তবৈ-
র্বেদৈঃ সাঙ্গপদক্রমোপনিষদৈর্গায়ন্তি যং সামগাঃ ।
ধ্যানাবস্থিততদ্গতেন মনসা পশ্যন্তি যং যোগিনো
যস্যান্তং ন বিদুঃ সুরাসুরগণা দেবায় তস্মৈ নমঃ ॥

ত্বমেব মাতা চ পিতা ত্বমেব বন্ধু চ সখা ত্বমেব
ত্বমেব বিদ্যা দ্রবিণং ত্বমেব ত্বমেব সর্ব্বম্ মম দেবদেব·
বসুদেব সুতং দেবং কংসচানুরমর্দ্দনম্
দেবকী পরমানন্দং কৃষ্ণংবন্দে জগদগুরুম্ ।
জানামি ধর্ম্মং ন চ মে প্রবৃত্তি, জানাম্যধর্ম্মং ন চ মে নিবৃত্তি,
ত্বয়া হৃদি স্থিতেন কশসে যথা নিযুক্তোঽস্মি তথাকরোমি ॥

হে প্রভু ! ঐদি পঙলবা জীবনি, মহাক্না থম্মোয়দা লেঙদনা
লৈবিদুনা নংগী থৌজালতবু ইজবা অদুতবু পীনবিয়ু ।

হরে কৃষ্ণঃ

## ৱাহৈ মমতুং

সনাতন ধর্ম্ম ভারতীয় সংস্কৃতিগী লংলব মঙালনবু ঐখোয়গী শেংদোকপ চেক্লি মপুংদা অমদি থল্লাং মপুংদ হাপচিনগ অমম কোরুপদব মঙাল অমু থিংদুনা থরে। ধর্ম্মগী মঙাল অসুনা সমাজদা লমচৎকী অমম কোকহন্দুনা শান্তি পুরকপা তমলেহই। ধর্ম্মগী মঙাল য়াম্না দরকার ওইরব ওসি ঐখোয়গী সমাজসিদা শ্রীগোটিময়ুম য়াইমা শর্ম্মান ভগবানগী পাউজেল হায়বা শাহিত্যিক অসি পুথোকপীরনা, ধর্ম্মগী মঙাল উহন্দুনা লমচৎ, চিন্তাকচিংবদা হেন্না কক পুরক্লুনা, সমাজ স্বধার্ম কনবা মতেং ওইগনি থৌজে। লেখরুপু ঈশ্বরনা থৌজালবীসনু।

শ্রীএম. নিংথেমজাও সিংহ
সেক্রেটরী দিব্য জীবন সেবা-সংঘ
তাং ২০।৮।৭৭ ইং মচিন-মণাও সেবাশ্রম, ককচিং

"ভগবানগী পাউজেল" হায়বা লাইরিক অসি পাঠক্লা ধর্ম্মদা পুক্নিং চঙবা মীওইশিংদা কান্নব পীবদা নত্তনা সাধারন প্রকাশিংদুনা কায়গনি।

তৌরক মতমদা অপাম্বনা চাকথেন্নবা থম্মোয়শিংবু লাইরিক অসি পাবগা পুক্নিংগী শান্তি ফংগনি, অচুম্বগী মৈয়ু ওইগনি থৌজে।

শ্রীথাইদেম হবোয়াইমা সিংহ
এসিস্টেন্ট হেড মাষ্টর,
শুগ্নু জুনিয়ার হায়স্কুল।

# অশ্লানবা চুমথোকপা

| লামায় | পরেং | | অশ্লানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|---|
| মঙ্গলাচরণ | ১২ | | কশসে | কেশবেন |
| ৩ | —৭ | — | কোংদোম্বা | মুখৎনবা |
| ৬ | —২১ | — | মু নক্রবদি তৌনবে | মু নক্রবদি তৌনরকে |
| ৯ | —১৬ | — | ঋবশিংবু | ঋষিশিংবু |
| ১৬ | —[illegible] | — | যোনি সম্ভব | অযোনি সম্ভব |
| ২৪ | —১১ | — | পার্নিলোম্বা | পান্নিলোম্বা |
| ২৫ | —২২ | — | লেংথোকখিবা চাহ ৪০০০ | লেংথোকখিবা খৃষ্টগী মমাঙ চহি ৪০০০ |
| ২৬ | —১ | — | থাইদোকপনা চাহি ৩০০০ | থাইদোকপনা খৃষ্টগী মমাঙ চহি ৩০০০ |
| ৩৩ | —১৫ | — | ধর্ম্মগী মায়থোং | ধর্ম্মগী মায়থোক |

---

লাইরিক অসিগী অশ্লানবা লোয় থূদিংমক মথংগী চেকোওদা লেংলোকচপনি। অশ্লানবা থূদিংমক চাকপীগনি।

[illegible]

# ভগবানগী পাউজেল

## শ্রীশ্রীগুরু গৌরাঙ্গনা জয় ওইরি।

### চিঙ্গাক

প্রকৃতিদগী হোড়না মখায় পানবা জীবশিং অমসুং ক'ঙুমদ্রবা মীওইবগী মপোক ফাওবা অসি চাবগী নিয়ম ঈশ্বরনা তাকপিরবনি। মীওইবশিং অসিদি "অন্নগত প্রাণ" চাবনা থরায়নি। কায়বদি চাদ্রবদি হিংবা য়াদে। অদুগুম্না কিত, পতঙ্গ, তিন-কাং ফাওবা চাদ্রবদি হিংবা য়াদে। ম'-মাগী মচিঙ্গ'ক কয়া থাইদোক্তুনা ঈশ্বরনা পীবিরম্মী অমসুং তাকপিরম্মী অদুগুম্বা চিঙ্গাকশিং অদু চারগা নোংমা নোংমগী হিংবা থঙবা হেনগৎলকই, অমসুং ঈশ্বরগী থোদা ইন্দুনা ঙাইড়না লৈ।

কনাগুম্বা ঈশ্বরগী থোদা ঙাইদ্রবা মীওইবা কয়া অমনা মীওইবগী চকচাং, বাখল, লমচৎ মাঙহনবগী মশক ওইরবা ধর্ম্মগী য়াংমদা লৈরবা চিঙ্গাক কয়ামকম্ চাবা থকপনা চিংবা তৌদুনা মা-মাগী পুন্সি অদু রোগ-অনাবা, দুখ-অয়াবা, চঞ্চলা পুক্নিং লাউবা, হিংসা তোবদা মাগী বাখল অদু লুপহল্লি। কনা অমনা শা-ঙা, কনা অমনা ময়াইকৈবা য়ুনচিংবা, কনা অমনা অপুম্বা নমথিবা পোৎনচিংবা চাদুনা মীওইবগী প্রকৃতিগী লমচৎ বাখল অদু হোংদোকহল্লি, লমচৎ ফংহন্দে। মরমচৎ ফত্রবা মহাক অদুনা ঈশ্বরগী থোদা লৌবদি লাইরবদুনা সামাজগী মরু ফংনা মাঙহনবগী

লংলা লংজিল ওইরকই। অদুদসু নত্তুনা শাগৈ-নাতৈগী মাঙ-হন্নবগী হোৎনরকই। জীবশিং পুন্নমক অসিগী জ্ঞান্দি লমচৎ চিঞ্জাকী মথা লোইনা পোল্লি মতুদি বন্দা লৈবা শাশিং কাওবা চিঞ্জাকী মতুং ইল্লিবনি। কৈ, নোংশানা অতোপ্পা জিবশিং উরগা চাগদবগী কন্না হোৎনৈ অমসুং হিংসা তৌবতনা মখোয়গী মথৌনি। শাহিং চাদবা শকিনচিংবা শানা হিংসাগী বাখল লৈরুদে অমসুং তৌনিংউদে। মরাই কাবা য়ু, তিলহৌ; চনম অসিবু "জাতি-ভ্রস্ট" জাতিবু মাঙহন্নবা চিঞ্জাক কৌই।

চিঞ্জাক ফত্রবা শিজিন্নবদগী অচুম-অরান, হৌনবা, হৌনদবা অসিনাচিংবা করিমত্তা থল্লক্কে অদুনা মতম পুন্নমক্তা মাগী বাখল অদু অরানবা তৌবতা পাল্লকই। অদুগা বর্ণ সঙ্করগী থৌবু ওইরকই। বর্ণসঙ্কর হায়রবদি শাগৈগী মৌশিং অদুনা ব্যভিচার চৎপবুনি। শাগৈগী মৌনা লমচৎ ফৎলক্ত্রবদি শাগৈ অদু কদৌডৈদসু চাওখৎপা য়াদে।

বর্ণ সঙ্কর অসিনা মশীং য়াম্রক্রবা মতমদা সংসার অসি মরু কংনা মাঙশিল্লকই। পাপকী লম্বীদা খোংদারবা অসিনা মশীং য়ামশিল্লক্রবা মতমদা সংসার অসি মাঙবা ভারে হায়রতুনা ঈশ্বরনা পাপ-পুন্য হায়রতুনা লম্বী অনি থম্বীরম্মী, ঈশ্বরগী থৌদা ইনববু পুন্য; পাপকী লম্বী চৎপবু পাপী কৌই। অচুম্বা লম্বী পুন্য তৌবগীদমক্তা মাগী পুন্সি অদু মতম লৈবথিবিক্তা মাগী খুদোংথীবা কয়াদগী ঈশ্বরনা ঙাকপী, পাপ তৌরবা অরানবা তৌরবা মী মহাক অদুদি মতম লৈবথিবিক্তা খুদোং থীরবা,

অরাবা, অনাবা অসিনচিংবা ফংই। অদুদগী নত্তনা সভ্য সামাজনা চিঞ্জাক ফত্রবা, জাতিশিং অদুবু লমচৎ নাইদবনি, অতোনবনি হায়না নিন্দা তৌই। মীনা থীনা কায়নবা নিন্দা তৌবা হায়বা অসি অচৌবা ঈশ্বরগী দণ্ডনি।

অসিগুম্বা ঈশ্বরগী দণ্ড অসি ফংদনবগীদমক্তা অমসুং মীওই-বগী মঙ্গল ওইনবগীদমক্তা অহানবা পাউত্তাক্তি চিঞ্জাক্নি।

চিঞ্জাক মথল অহুম থোক্না থায়দোকই— ১। সাত্বিক, ২। রাজসিক, ৩। তামসিক—ঘি, শঙ্গোম, মনা মশীং, অসি সাত্বিকনি। শা, ঙা, ময়াই কাবা চিঞ্জাক্না রাজসিকনি। অপুম্বা নমথিবা অকংবনচিংবা অসি তামসিকনি।

সাত্বিক—সাত্বিক অহারগী চিঞ্জাক্না মীওইবগী দেহ মপুং ফাহল্লি। রাথল ফহল্লি, ইন্দ্রি খুদুম চলহল্লি, অবাবা নুঙাইবগী মথা পোলহন্দে। ইন্দ্রি খুদুম চল্লবা মতমদা ঈশ্বরগী থৌদাগা লোয়ননা ঈশ্বরবু নিংশিংবদা মতেং পী। মীওইবা খুদিংমকসি ঈশ্বরগী মথা পোল্লি। ঈশ্বরগী মনাই অমসুং মচানি। ঈশ্বরগী য়াথং ইন্দুনা মথা পোন্দুনা চংপবু "ধর্ম্ম" কৌই। বেদ ধর্ম্মগী বাক্য মতুং ইন্না মীওইবগী মাঙহনবগী মশক ওইবা য়েক্লবা কাম—অপাম্বা, ক্রোধ — অশাওবা, লোভ—মিহৌবা, মোহ-পঙথবা, মদ—ময়াই কাবা, ঐশ্বর্য্য—নাপল তৌবা পুম্নমক অসিনা মীওই-বগী আত্মজ্ঞান অদুবু মহাজালগী মতৌগুম্না কুপ্তুনা থম্মী। মদুদগী নত্তবা শাজং, লমচৎ হিংসা বাদিনচিংবা কয়ামরুম মাগী থম্মোয়দা পোকহন্দুনা ঈশ্বরবু তুংওইননা থম্মকই। ঈশ্বরবু তুংওইননা

থম্লবদি মাগীস্থ খুদোং থীবা কয়া থোকই। মদুগীদমক্তা কাম, ক্রোধনচিংবা অসি চঞ্চলক্তনবা হায়দুনা ইন্দ্রি খুদুম চম্লবগী অমস্তং আত্মজ্ঞান কাওনবগীদমক্তা অশিংবা মীশিংনা বেদ-বাক্য ঈশ্বরগী থোৌদা চৎনবা অমস্তং ঙাকনবা কয়া হোৎনৈ। অসিগুম্বা কাম, ক্রোধনচিংবা য়েক্লবা ময়াম অসিবু ঙাকথোকপ: ঙম্লবা মতম অদুদা ঈশ্বরতত্ত্ব থাজৈ।

সংসারিক ব্যবসায়:—কর্ম্মেন্দ্রিয়, জ্ঞানেন্দ্রিয়; কয়ানা শূম্লিবা গৃহস্থগী মচাক ওইরবা লৌউ-শিংডবা, লম্লোন-ইতিক তৌদুনা চারিবা পুম্নমক মদুগী মহৈস্থ খুদিংমক লোনা ঈশ্বরদা ইন্থোরকই মদুগী মহৈস্থ ঈশ্বরনা পীবনি হায়না খল্লকই। অদুনা মতম লৈবা খিবিক্তা মাইকৈ খুদিংমক্তা ঈশ্বরতত্ত্ব উরকই হায়বদি প্রকৃতিদগী হোৌদুনা মথরায় পানবা জীবশিং উপাল-বাপাল ফাওবা সমদৃষ্টি (চপ মান্ননা) উবগী শক্তি জ্ঞান থম্মোয়দা কাওহন্দুনা তোঙান তোঙানবা বাখল খলহন্দে; কনানা অতোনবা, ইনাকখুনবা, অচোবা, অপিকপা তিল-কাও থায়হন্দে, মানা তৌরিবা কর্ম্মগী মহৈ আয়, বায় চাং চপ মান্ননা খলহল্লি। লৌনিং চানিংবা, নমথাক তৌবা পোকহন্দে। মাগী স্বকর্ম্ম (ডিউটি) মপৌ অদুতা তৌদুনা অতোনবশিংগী লাইরব-অনংশিংগী অমস্তং মখ্বাই পানবা জীবশিংগী মতেংদা বাখল লূপহল্লি। মথোয় অদু ঈশ্বরগী থোৌদা ইল্লবা মীনি হায়বদি কর্ম্ম যোগীনি। অদুগুম্বা কর্ম্ম যোগী অদুগী ফংফম থোকপা মথল মথা অয়াম্বা থোৌদা ঈশ্বরনা পীবি। ঈশ্বরদি গোলোক বৃন্দাবন্দস্থ লৈজে,

তোঙানবা মাগী ময়ুম লম তোঙান্না লৈতে। অদুগুম্না কর্ম্ম যোগী অদুগী মনাক্তদা লৈদুনা মহাকপু তাক শেনবী।

রাজসিক—রাজসিক আহার চিঙ্জাক্তগী বাখল অদু মোংম মোংমগী হোংহল্লি। মরাই কাবা বাখল পোকহল্লি। মানা তৌরুবা কর্ম্ম থুদিংমক অদুগী মহৈক্তা পামদুনা তাইদুনা লৈ। মাগী সুতাইনবা, মহৈ চানবা মখল মথা অয়াম্বা ভাবনা (বাখল) তা তৌদুনা লৈ, অচুম্বা, অরানবা হৌন-ফৌনদবা ধর্ম্ম, অধর্ম্ম য়েংলক্তে পুম্নমক মাগী মথা পোলহনলিংই। তিল-কাংদি লাইরদুনা সংসার অসি ফাওবা মথা পোলহননিংবগী বাখল পোকহল্লি। মতম অদুদা রাক্ষস স্বভাব ( হিংচাবগী বাখল ) খল্লকই। রজ-গুম্না মপুং ফারক্লবা মতমদা জগৎকী মাঙ-তাক্লবা ওইহল্লি।

তামসিক :—তামসিক আকারদি থ্বাইদগী হেন্না মীওইবগী থুদোংথীবনি। অদুগুম্বা চিঙ্জাক অদুনা মাগী বাখল অদু অচুম্বা লম্বীদা সুগখন খলহনবা ঙমদে—(১) অতনবা, তুমনিংবা, পঙথব-নচিংবা থোকহল্লি। মখোয়গী পুক্নি অদু ভুং প্রেত শাম্নবা মী-ওন্দগী নমথাক তৌদুনা মতুদগী কংলকপা পাপকী মহৈ অদু চাদুনা হিংই। মখোয়দা ঈশ্বরগী মঙাল অমত্তং পাউতাক করি-মত্তা উবা ঙম্বা লৈতে। মাগী পুক্নি অদু থ্বাইদগী হেন্না থুদোং থী।

চিঙ্জাক্না মখল অহুম থোকপগুম্না ঈশ্বরগী থৌদা ইনবদসু মখল অহুম থোক্না খাই। মদুদি— ১। সাত্বিক উপাসনা, ২। রাজস উপাসনা ৩। তামস উপাসনা।

মীওইবগী গুণনা মথক্তী অহুম অসিনি। মীওইবগী স্বতঃসিদ্ধ ওইরবা গুণ অহুম অসিগী মরুংদা সত্ত্ব গুণতবু প্রশংসা তৌবি।

অসিগুম্বা সাত্বিক আহার অসিনা "নিশা বন্দ" গী মতেং য়াম্না পীবি। হৌজিক্কী সভ্য সমাজ অসিদা মণিপুর গোবর্ণমেন্টনসু সাত্বিক আহারবু লৌবিরি। চিঙ্গাক কক্রবদি প্রজাগী মঙ্গল ওইরোই হায়বা অসি গোবর্ণমেন্টনসু মরেক লানা উবা কংই অমসুং ভাকপি কক্রবা মহিক (ক'র্ম) অদু কয়া কোংদোক্লবা হোৎনবিরি। অশেংবা চিঙ্গাক্তনা জগৎ জয় তৌবা ঙম্মী। মতুনা মমাঙদা ওইখিবা মহাপুরুষশিংনা অশেংবা চিঙ্গাক্তা চাদুনা জগৎকী অমসুং সামাজগী ফননবত্তা হোৎনৈ। মহাত্মা গান্ধীনা মীরৈবাক্তা নৈবা মতমদা বেদ বিরোধ-বেদনা য়াদবা চিঙ্গাক শা, ঙা, য়ুনচিংবা করিমত্তা শিজিন্নখিদে। মচা নিপা অমা য়াম্ন খুদোং থীনা নারবা কাওবদা ডাক্তর কয়ানা যথ অকুৎপা মহি থকপা, য়েরুম চাবা অসিনচিংবা কয়া ভাকখি। হিদাক কাপ্পা, চাবা কাওবা শা অমসুং য়ু শরুক য়াওই হায়বদগী করিমত্তা শিজিন্নখিদে। অনাবম্ন লায়য়েং মথল অমনা ইরাই লাইনা মরু কংনা য়ুথংখি। মহাত্মা গান্ধীনা (Return to Nature) হায়বা অকাওবা ডাক্তর অমনা ইবা অদু লৌখিখি। মহৌশাগী চিঙ্গাক অচম্বা মনা মশিং চাউ হায়বনি সভ্য সমাজদা চাবা থকপগী পার্টি তৌবা ভারবদি— সাত্বিক আহার শঙ্গোমদগী থোকপা অমৃত ওইরবা অশেংবা চিঙ্গাক্না ভৌনৈ, ঐখোয়গী মণিপুরদদি চাবা থকপা (পার্টি) হায়রবদি শা-য়ু নক্রবদি ভৌনদে। শা-য়ু চাদুনা

মরাম সুঙাইবা অদুবু পাটি কৌরা ? চিন্তাকগী মীওইবগী রাখল লমচৎ কৎহন্দে হায়বদি সংসারগী মীওইবা খুদিংমক লোইনা থওনৈ অমসুং কওবা চিন্তাকশিং অসি থাদোক্লরি অদুগা থাদোক্লবদু কয়া হোৎনরি। হরে কৃষ্ণ।

## মীওইবগী থৌদা

মীওইবা খুদিংমক্তা স্বর্গগী লাইশিংদা ঈশ্বরনা মখল মখল অয়াম্বা পাউতাক পীবিরম্মী মরমদি "মীওইবশা" অমসুং স্বর্গগী "দেবতাশা" নখোয় পূম্নমক কর্ম্মযোগী ওইদুনা মহৈ মহৈ মতেং পাংনগদবনি।

সহ যজ্ঞা প্রজা সৃষ্টা।

শ্রীমদ্ভগবত গীতাদা ভগবান্না তাকপিরম্মী। মীওইবগী দরকার ওইবা হিংননবগী চংদবা রাদবা খুদিংমক কনবগীদমক্তা লাইশিং নখোয়গী দায়িত্বনি। হায়বদি মীওইবগী লোংনচিংবা মহৈ-মরোং কংহনগদবনি। অদুগা মুনি ঋষিশিংনা মীওইবগী অশেংবা রাখল জায়চিংবা কংহনগদবনি। স্বর্গগী পিতৃলোক খুদিংমক্তা নচা নগুশিংগীদমক্তা ধন সম্পদ কংননবা মঙ্গলাশীর্ব্বাদ তৌবিগদবনি। পূম্নমক অসি নখোয়গী অধিকারনি।

মীওইবা নখোয়মত্তু স্বর্গগী দেবতাশিং, মুনিশিং- পিতৃব্রহ্ম খুদিংমক্কী পেন্ননবা যজ্ঞনচিংবা কয়া তৌগদবনি। যজ্ঞ অদুবু কর্ম্ম যোগ কৌই। নখোয়না চাগিবা, থক্লিবা হিংবদা চংলিবা পূম্নমক স্বর্গগী লাইশিংনা পীবিরকদবনি। অদুনা নখোয়না মখোয়গী লমন শিংগদবনি। অদু নত্রবদি নখোয় তুরানবগী দোষ হায়বদু ওইগনি। পূম্নমক অসি নখোয়গী অধিকারনি।

যজ্ঞ হায়বসি মখল মঙা শুই মদুদি :—

পাঠো হোমশ্চাতিথীনাং সপর্য্যা তর্পণং বলিঃ।
এতে পঞ্চ মহাযজ্ঞা ব্রহ্মযজ্ঞাদি নামকাঃ॥

১। দেব যজ্ঞ, ২। ঋষি যজ্ঞ, ৩। পিতৃ যজ্ঞ, ৪। অতিথি যজ্ঞ, ৫। ভুত যজ্ঞ।

১। দেব যজ্ঞ—হায়বদি অদুগুম্বা কর্ম্ম যোগী অদুনা দেবতাশিংগী পোম্বগীদমক্তা মৈদা চেং, থোইদিং, ঘীনচিংবা হোম তৌদুনা কৎপা মদুনা দেবতাশিংনা পেনবিদুনা মীওইব-শিংগী লমন কোকহল্লি। মখোয়গী ফনবগীদমক্তা নোংনচিংবা কল্লা তাহল্লি। জীব নৈতবা লমদদি নোংগী দরকারস্তু ওইদে (দেব যজ্ঞ অসি গুরুজনশিংনা চৎনরম্মী তুম্মদাইদা ফুঙ্গাদা চেং থোইদিং কৎপা অসি) মদু দেব যজ্ঞান।

২। ঋষি যজ্ঞ—নখোয়না নুমিৎ খুদিংগী ত্রি সন্ধ্যাদা, মত্রপা দ্বি সন্ধ্যাদা বেদ পাঠ শ্রীমদ্ভাগবত গীতা পাবা, হরিগী গুণ গান (নাম শোনবা) তৌগদবনি, অদুগুম্বা বেদ মন্ত্রগী গুণ গান অদুগী ধনি (মনিল) অদু তারগা মুণি ঋষিশিংনা নখোয়গী বাখল অমসুং চরিত্র লমচৎ অদু হোংদোকুনা ঈশ্বরবু ফংজবা য়াবা নিংজবা শুম্বা জ্ঞান অদু পীবিগনি।

৩। পিতৃ যজ্ঞ—পিতৃ তর্পণ, সংসার থাদোকপ্রবা পিতৃ, মাতৃ খুদিংমক্না সংসারদা হিংদুনা লৈহৌরবা মচা মশুদা মিৎয়েং তাবিরি। মচা মশুশিং অদুনা কৎলকপা পিণ্ড অমসুং চেং থোইদিং, ঈশিং মশিক অমতং তাইদুনা লৈরি। অদুনা নখোয়না

পিতৃ পক্ষগীদমক্তা তর্পণচিংবা কয়া তৌগদবনি। অদুনা পেন-বিদুনা মীওইবা নখোয়গী নয়ল নথুম কংনবা, মুংঙাইনবা মঙ্গলাশীর্ব্বাদ তৌবিয়ক্তনি।

৪। অতিথি যজ্ঞ:— নখোয় নখোয়গী য়ুমদা লাকপা মরুপ-মপাং অমসুং অতোনবশিংবু চাং মায়না স্বাগত তৌগদবনি। অদুগা ময়ামগা মুংশিনগদবনি তোঙান-তে ঙান খয়রোইদবনি।

৫। ভুত যজ্ঞ:— মীওইবা খুদিংমক পাপ-পুন্য তৌরবয় অদুম হিংই। অক-ফত্তবা মাগী থবক্তী মথা পোনবনি অতোনবা ময়োল থোক্তবা জীবশিংদি মীওইবনা থাকপিত্রবদি হিংবা ঙমজদবা ওই। মা-মণ জীবশিংবু য়োকপি-থাকপিবা হায়বা অসি মীওইবা নখোয়গী অধিকারনি।

হায়রিবা যজ্ঞ মঙা অসি মীওইবগী থাদোকপা য় দ্রবা স্বতঃঅধিকারনি। মীওইবা হায়বসি চিঙ্গ'ক্লা হিংবনি, চিঙ্গাক অদু নোংদগী ওইরকই— চানবা হিংনবা নোংনাচংবা কয়ামরুম তাহন্দুনা ঐখোয় হিংই হায়না তুমিন্না লৈথোকপা য় দে জ্ঞান কংনবগীদমক্তা ঋষশিংবু পেনখয়বা, পুন্সি তোলোইনবা গৃহস্থ ধর্ম্মগী য়াইফনবা পিতৃ পক্ষাশিংবু পেনহনবা, জীবশিংবু মায়না উনবা, অমসুং ময়োল থোক্তবা জীবশিংবু য়োকপিবা থাক-পিবা হায়বা অসি মীওইবগী অধিকারনি। মসিবু নিয়তকর্ম্ম (কর্ম্মযোগ) কৌই। অসিগুম্বা নিয়তকর্ম্ম অ'সদা খোংদারবা মীওইতনা অথান-খুভমগী লম্বী খোং লাওনা ঈশ্বরনা হাংদে। ক্লনা খম্বী। মীওইবসি কৃষ্ণগী মনাইনি। মাগী মথা পোনবনি,

ইবুঙো মহারস্থু মাগী খোঁদা ইনবা মীওইবা অঙৎতৰু তাকপি শেনবী। মাগী পাউতাক অহানবা কর্ম্মযোগনি, কর্ম্ম যোগ অসিদা ভক্তি মপুং ফানা য়াওই। কর্ম্মযোগদা খোঙচাৎবা মহাক অদুনা জ্ঞানমার্গ, রাগা, অনুরাগা ভক্তিনচিংবা ভক্তজননা লাইনিং লম্বীদা চৎপদা খুদোংচাবা ফংঙি। কর্ম্ম যোগী অসি গৃহস্থঃ-নচিংবা আশ্রম, পূর্ণমক্কী অহানবা অধিক রনি। কর্ম্ম যোগী ওইত্রবদি গৃহস্থঃ ত্যাগীনচিংবা লাইনিং লম্বী কয়া থিংই, য়াদে।

মতুংদি :— ন কর্ম্মণামনারম্ভান্নৈষ্কর্ম্ম্যং পুরুষোঽশ্নুতে।
ন চ সন্ন্যসনাদেব সিদ্ধিং সমধিগচ্ছতি॥ (গীতা ৩ ৪)

শ্রীভগবান্না মীওইবগী মমক্তা মঙ্গল ওইনবা তাকপিবা কর্ম্ম যোগ অসিবু ভৌত্রবদি থাজত্রবদি মাগী থম্মোইদা ভক্তি ফাওবা লৈবা ঙমদে। ঐদি লন্দোইবনি রাগানুগা ভক্তিদা চংলবনি হায়দুনা মপাম্মোংদা ফজজনবতনা মদুগী করিস্থু কান্নবা ওইদে মীলম্ব তারকই। গীতাগী পাউতাক ইন্দ্রবা থাজদবা মখোয়শিং অদু মীলম্বনি অরেম্বনি

কর্ম্ম যোগ ওইগদবনি অমসুং মদুনা মীওইবগী অধিকারনি হায়বসি ভারত গভর্ণমেন্টনা লাউরি, অমসুং প্রজাশিংদা তাক-পিরি। মতুংদি— work more talk less য়াম্না তাংগনু, কন্না শূ। "কর্মহি শ্রেষ্ট হৈ", "কঠোর পরিশ্রমে কোন বিকল্প নেই" কর্ম্মযোগীতনা অথোইবনি, কন্না শূবতনা করিগুম্বা অমাঙবা লৈতে হায়দুনা ভারত শীনবা থুংনা লাউবিরি।

মিৎ, নাকোং, নাভোন, শা, খোং খুৎ মন, হাথল, কর্ম্মেন্দ্রিয় জ্ঞানেন্দ্রিয় কয়ামরুমসি মা-মাগী খোদাদা ইনশিনগদবনি। মী-ওইবনা জীবনগীদমক্তা শূরিবা লৌ-উব', লম্লোন-ইতিকনচিংবা অসি ঈশ্বরনা য়াদবা ভোদে। ঈশ্বরগী খোদানি। অদুবু ঈশ্বরনা তাকপদি "মা ফলেষু কদাচন" মদুগী মহৈদা অপাম্বা নৈরুগনু। মদুগী মহৈ নংনা হেন্না পামশিল্লুরবনু খোইনা কান্নবা ওইরোই। পাম্মুদ্রবনু ফংদবা ভোরোই। করিগুম্বা অতৃত পাম্বী অমা হিং৹বা যত্ন ভোৎনা খাবিরবদি শোয়দনা হোগনি। মনা মশা মহৈ পানগনি। মদুদা নংগী কান্নবতা নত্তনা জীব খুদিং-মকী কান্নবনু ফংগনি। অঙুগুম্না গৃহস্থগী দরকার ওইবা লৌ-উবনচিংবা অদুনু মহৈদি শোয়দনা চাগনি। অমুত পাম্বী অদুগী হোবা হোদবা, লৌ অদুগী ফবা ফত্তবা নঙোন্দা লোইনা নৈরবনি। অদু নত্তনা এদি ধন্য নৈবা মুপানি ঈশ্বরগী নাম সেবা ভো-দুনতা নৈ। ঈশ্বরনা খোজাল পীবিরকনি হায়দুনা হুন্দোক্লুনা থম্লবদি অমুত্তনচিংবদু মহৈ চাবদি লায়রদুনা খুদিংমক অরেম্বা তাগনি। শ্রীকৃষ্ণনা অমুকনু তাকপিরম্মী "নিরন্তর কর্ম্ম কুরু" খাকচবা নৈতনা শূগদবনি। স্বামী বিবেকানন্দনসু ভগবত বাক্য মদুং ইন্না ফোংদোকপিরম্মী। সমুদ্র মপান্দা লেপ্লা মত্তমদা সমুদ্রগী ঈথক ঈরাউখোল কয়া তাগনি। চাংজো নাইত্রবা ঈপাক্তগী ঈথক মচা মচা কয়া পুনশিল্লগা অচৌবা অকিবা ফংলবা অার ঈথক কয়া লাকনি। ঈথক অচৌবা অদুগী মখোলদু অকিবা ফংনা তাগনি অমসুং উগনি। অদুগুম্বা

মীওইখশু অকিবা ফংনা কয়া ভত্তুনা কর্ম্ম তৌ হ'য়বনি। অদুদি মীওইবদি অহিং নুংথিল নাইদনা শূবদি য়াকম থোক্কে।

কর্ম্মেন্দ্রিয়ঃ জ্ঞানেন্দ্রিয়ঃ পূম্নমকসি অরেম্বদা, অয়ানবদা শূরুনা খন্দুনা মতম মাঙহনগনু হায়বনি। জ্ঞানেন্দ্রিয়গীসু য়ারেম ঙাংদুনা নত্তবা য়াথল খন্দুনা লৈবগী, লেনবগী মহুত্তা ভগবতকী নাম শক শোল্লু হায়বা অসিনু ঙাকপিবনি। সভ্য সমাজ অসিদা লৈরিবা মীওইবশিং অসি অরেম্বদা য়ারী য়াভাই (অনর্থ) শাবগী মতম লৈরন্দে। অনর্থ- অরেম্বা ঙাংলগা নত্তবা য়াথল কয়ামরুম পোক্লকই মদুদগী কাম - অপাম্বা, ক্রোধ —অশাওবা, লোভ—মিহোৌবা, মোহ - পঙথবা, মদ ময়াই কাবা ঐশ্বর্য্য — নাপল তৌবা হায়রিবা য়েক্লবা ময়াম্বা থুদুম চনশিল্লকই। অনুপযুক্ত মভিক চাত্রবা ওইরবা অপাম্বদগী অশাওবা ওই হায়বসি পোকই। অপাম্বা পোং অদু ফংদ্রবা মতমদা মাগী থুদোংচাবা মতম ঙাইদুনা পোৎ অদু লৌননবা মথল মখা অয়াম্বা ভাব পোক্লকই। অশাওবদগী, পঙথবা হায়বদি ন্যায়-অন্যায়, ধর্ম্ম-অধর্ম্ম, অচুম্ব-অয়ানবা করিমত্তা য়েংদনা ধর্ম্মগী মাইয়োক্তা লেপ্তুনা হিংসাবাদি ওইরকই। পঙথবা মতমদা জ্ঞান লাম্বা ফংদ্রে, জ্ঞান লাম্বা ফংদ্রবা মতম অদুদা মাগী জীবন অদু অয়াবা ভারকই, অশান্তি ভারকই, শান্তি ফংলক্তে। শান্তি ফংদ্রবা মহাক অদুদি "কুতঃ সুখম" কদাইদগী নুঙাইগদগে। অসিগুম্বা কাম ক্রোধনচিংবা য়েক্লবা ময়াম অসিনা মীওইবগী জীবাত্মা-পরমাত্ম বু ফংজনবা হোৎনজরিবা জ্ঞান অদুবু মাহাজালগী মতৌগুম্না কুপ্তুনা থম্মী।

মচুদি :— খূমেনাব্রিয়তে বহ্নিঃ

লায়বা মৈখু মৈখুনা, লংলবা মিংশেলবু উফুয়া, পর্ভগী জীববু নাউয়োম্না কুপশিন্দুনা থম্বগুয়ঙুনা জীবাত্মানা পরমাত্মাবু ফংজনবা জ্ঞান অদু কাম, ক্রোধনচিংবা অশিকা কুপ্তুনা থম্মী। থৌজাল হৈবা ঈশ্বরনি, মহাক্না জীবশিংগীদমক্তা মথক মথা অয়াম্বা পাউতাক কয়ামরুম পীবি। মচুবু কর্ম্মযোগ কৌই। কর্ম্মযোগদা থোংনাম্বা মহাক অদু ঈশ্বরগী মনাইনি (নিত্যা-দাসনি) মহাক্না তাকপি শেনবীচুনা লৈ। করম্বা মতমদা ঈশ্বরগী থৌজাল ফংলে খঙনগনি ? মচুদি মানা শূরিবা নোমলিবা কৃষি কার্য্য (লৌউ-শিংউবা) ব্যবসায় (লল্লোল ইতিক) কয়াদা জগৎকী বস্তু (পোৎ) খুদিংমক্তা ব্রহ্মময়ানি (ঈশ্বরগী মশক্তি) হায়না উয়ক্লবা খল্লক্লবা, অচুগা মানা ফংলকপা কর্ম্মগী ফলা-ফল (মহৈ) খুদিংমক্তু ঈশ্বরদা লোইনা কথোকপা ভম্লক্লবা, মানা পীবনি, মাগী থৌজাম্নি হায়না খল্লকপা মতমদা মশাগী থম্মোয়দা নিষ্ঠা ভক্তি পোক্লকনি। ঈশ্বর নত্তনা অতৈ কনা অমত্তা লৈতে হায়না খল্লকনি। জীব খুদিংমকপু চপ মান্নবা উহল্লকনি। অচুগুম্বা মহাক অদু মহাপুরুষ অথোইবনি।

অসুম্নমু অমুক তাকপিরম্মী মচুদি :—

যৎ করোষি, যদশ্নাসি, যদ জুহোষি, ইত্যাদি।

নংনা নিষ্ঠা ভক্তিনা শূম্নিবা, নোম্নিবা, হোম, যাগ যজ্ঞ অমসুং কর্ম্ম ফল খুদিংমক্তু ঐঙোন্দা লোইনা কথোকউ মচুনা নংগী মঙ্গল ওইগনি। অদু নত্রবদি সংসারগী লাংদা থুচুনা সংসারগী

ঈপাক্তা অরেম্বদা লুপ্তুনা মাঙগনি। কাম, ক্রোধমচিংবা পুন্নমক্না কুপশিন্দুনা ইন্দ্রিশিংসি মানা মানা চৎনিংবা মাইকৈদা চত্তুনা মীওইববু ঈরাক্লহল্লি। হিনাও শাবা য়াওত্রবা হিবু সুংশিৎনা কোইপূ পুন্থনা ঈরেন্দা লুপহনবগুম্না মীওইববু মানা তাল্লিবা লম্বী অদু পম্থুংবম খঙহন্দনা অরেম্বদা মাঙহল্লি। মীওইবগী মপোক্তি মমল য়াম্বনি। ঈশ্বরগা থানবা য়াদবনি। ঈশ্বরনস্থ য়াম্না থোজাদবীবনি। লাইশিংনা ফাওবা মীওইবগী মপোক তান্নরিবনি। পুন্সিস্থ য়াম্না তেল্লি। তেল্লবা মমল য়াম্নবা পুন্সি সিমক্তদা ভগবানগী পাওতাক লৌকম থোকপনি। ভগবান শঙ্করাচার্য্যনা তাকপিরম্মী। মদুদি :—

নলিনীদলগতজলমতিতরলম্
তদ্বৎ জীবনং অতিশয় চপলম্।

মীওইবগী পুন্সিদি থম্নাদা পকপা ঈশিংগুম্বনি, য়াম্না চঞ্চল ওইবনি। অসিগুম্বা অতেনবা মমল য়াম্নবা পুন্সিদা ভগবানগী পাউতাক মীকুপ অমতং লৌজবদা অমসুং কংজবদা সংসার ঈপাক্তগী লাইনা লাম্হোকপা ঙম্মী।

ভগবাননস্থ অসুম্না তাকপিরম্মী—

তেষামহং সমুদ্ধর্তা মৃত্যুসংসারসাগরাৎ।
ভবামি ন চিরাৎ পার্থ ময্যাবেসিতচেতসাম্॥ গীতা (১২)

ঐঙোন্দা পুক্নিং লুপ্লবা কর্ম্মযোগী অদু ঐগীদি অথোইবা ভক্তনি অদুগুম্বা অদুনা সংসারগী পাক্লবা চাংজৌ নাইত্রবা ঈপাক্তা তাউদুনা লৈরবদা ঈশিংগী অকিবা ফংলবা জীবশিং কুম্ভির,

লাইবেল কয়ানা ময়া কাখত্তুনা য়োংকলবনি মায়ৈক খুদিংমগী চেনশিন্নকই। খোঙাল ঐবা ঈশ্বরনা হি হোন্দুনা লাক্লগা ভক্ত অহুবু সংসারগী অকিবা ময়াগ মর্কুগী থাঙ্গৎশিনুনা শ্রীকৃষ্ণগী মনাক্তা পুশিনবি। সংসারগী জীব ফাওবনা তাররিবা অসি মহাক্কী মনাক অদুতবুনি। পুম্নমক অসি নিষ্ঠা ভক্তি ওইরবা কর্ম্ম যোগীতনা ফংই। কর্ম্মযোগ মীপুম খুদিংমকী অধিকারনি। কর্ম্ম যোগী অসিদা খোংদাররবা মহাক অদুদি সংসারনা পুনবা ওমদ্রে। মদুনা মীওইবগী গৃহস্থ, বানপ্রস্থ অসিদসু কব্রিসু অমাঙবা অরেপ্পা ওইদে। মসিবু বেদ ধর্ম্ম কৌই। বেদ ধর্ম্ম চৎপবু "সনাতন" ধর্ম্ম হায়রবনি। মমাংঙৈগী জনক, অশ্বরিষ, মহারাজদগী হৌদুনা ভারতকী রাষ্ট্রপতি কয়া কয়া মহাত্মা কয়া কয়ানা ইন্দুনা লাক্লবনি। অশিংবা মীশিংনা মমাংঙৈগী গুরুজন মহাপুরুষশিংনা চৎনরম্বা ধর্ম্মনীতি, রাজনীতি অদু লৌনৈ। অদুগুম্বা কর্ম্মযোগী অদুগীদমক্ অন্তকাল—শিরবা ফাওবদা স্বর্গগী থোঙ অদু লাওনা হাংদোক্লুনা থম্বিরম্মি। ঈশ্বরনা পুশিন্বী অমসুং (মোক্ষ) অরান-খুভম ফংই। হরে কৃষ্ণ।

## আহুম পাঙথুম

ওঁ পূর্ণমদ পূর্ণ মিদং; পূর্ণাদ্ পূর্ণমুদচ্যতে।
পূর্ণস্য পূর্ণমাদায় পূর্ণমেবাবশিষ্যতে॥

প্রকৃতিদগী হৌদুনা নৈ, ঈশিং, মুংশিং পৃথিবী আকাশ-সিনা তাদুনা শেম্লিবা উরিবা খুদিংমকসি জগৎনি। জগৎ অসি

মপুং ফাবনি। অদুগুম্বা ঈশ্বর অদু মশক মওং মতৌ মপুং ফাবনি। অদুগুম্বা মপুং ফাবা ঈশ্বর মঙোন্দা সংসার অসি তূংদুনা লৈ।

জগৎ করিনো ?— স্থুল, সূক্ষ্ম, কারণম্— অচৎ-চত্তা পুম্নমক্না লৈরিবা অসি জগৎনি।

ঈশ্বর কনানো ?

ঈশ্বর পরম কৃষ্ণ সচ্চিদানন্দ বিগ্রহঃ

অনাদিরাদির্গোবিন্দসর্ব্বকারণ কারণম্ ॥ (ব্রহ্ম সংহিতা)

শ্রীকৃষ্ণতনা অথোইবা ঈশ্বরনি। অরেপ্পা থম্মোয়গী সুংঙাই-নবগী মশকনি (মীওইবগী মঙ্গলগী মশক্তি) মহাক অদু পোকপা শিবা লৈতবনি। অনাদিনি। অচৎচত্ত পুম্নমক্ শেম্লিবা জগৎ অসিগী মরম ওইবা কর্ত্তা থৌবুনি।

কৃষ্ণ পোকপ্রা ?

কৃষ্ণদি পোকপা শিবা লৈতে। অদুমা অনাদিনি অনন্ত হায়রবনি।

দেবকী, বসুদেবগী মচা করম্না হায়রিবনো ?

দেবকী বসুদেবনচিংবনা মমাংদৈদা অকনবা তপস্যানচিংবা কয়া তৌজখি। অদুনা কৃষ্ণবু মচা ওইনা মমাঙদা উহনবত্তনি। সংসারগী বাৎসল্যপ্রেম খঙহনবগীদমক্তা দেবকীগী মচা হায়রু-বত্তনি। মহাক্তি "যোনি সম্ভব" দেবকীগী গর্ভদগী তাবা নত্তে। যুগ অদুগী যক্ষ, রাক্স কংসনচিংবা পাপ কয়াবু মাঙ-হনবগীদমক্তা দেবকীগী মমাংদা চতুর্ভুজ ওইনা লেপ্লীরবনি।

করিগী নন্দগী মচা হায়রিবনো ?

সংসারগী বাৎসল্যপ্রেমবু থল্লুবদগী মহারাজ কংসবু কিবদগী নন্দালয়দা থৈথিবনি। নন্দরাজনা য়োকৃচবদগী নন্দগী মচানি হায়বনি।

কৃষ্ণ কৌরিবনা করিগীনো?

কৃঃ সংসারবু কর্ষয়তি আকর্ষণ তৌই হায়বদি সংসার পুম্বসি মহাক্কী মথা পোল্লি হায়বগীদমক্তা কৃষ্ণ হায়বনি।

কৃষ্ণনা নৈপাক চায় হায়বদি করিগীনো?

স্থূল, সূক্ষ্ম, কারণ ওইরবা জগৎ সংসার অসি মঙোন্দগী লোইনা ওইবনি হায়বা থওহনবগীদমক্তা মথা যশোদাদা ময়া কাথোক্লুনা সংসার অসি উহনবনি।

কৃষ্ণনা করম্বা অকিবদগী ব্রজবৃন্দাবনগী জীব পুম্নমক কনথিবগে?

কৃষ্ণনা, কালিহ্রদদা নৈরবা লিলগী হূনা ব্রজবৃন্দাবনগী জীব পুম্নমক মাঙবা তারবদা, অগাং ওইরিঙৈদা কংসকী চোর অঘাসুর, ব্যোমাসুর, বকাসুরনচিংবা হিংচাবা ময়াম্মা সথা ময়াম্বু হাত্তুনা শিবা তারবদা, ইন্দ্ররাজ শোরারেম্মা বজ্রনচিংবা থূৎলাই কয়ামরুম থাদহুনা ব্রজগী জীব থুদিংমক মাঙবা তারবদা, হিংচাবনচিংবা কয়ামরুমদু হাত্তুনা থূৎ নামতনা গোবর্ধন চীং থাঙত্তুনা ব্রজগী গোপ-গোপী, যণবী-যল্লাও জীব কয়াবু কৃষ্ণনা কনবিথি।

ব্রজ গোপীশিংনা করিগীদমক্তা রাস লীলানচিংবা শাম্নবনো?

শ্রীকৃষ্ণদি মদনমোহননি, কামদেববু শুক্কৎপা ঙম্মী। মঙোন্দা সংসারিকপ্রকৃতি চঙবা ঙমদে। মাগী নামতা শোঙবা ভক্ত

অদু ফাওবা কামদেবনা ঙর ভৌবা ঙমদে। করিস্থু অপাম্বা খৌরাংবা লৈতে। আপ্তকামনি অহৈতুকনি। গোপীশিং অদুস্থু মুনি ঋষি কয়ামরুম্না সাধম্না মরম ওইদুনা পোক-খিবদনি। গোপী ওইনা পোকচদুনা শ্রীকৃষ্ণগী চরণ সেবা অদুতবু ফংজখিবনি। প্রকৃতি য়াওদে। ইবুংঙো মহাক্না ত্রিতাপনা চান্নবা জীবশিংবু মাগী চরন্দা চঙজবা, য়ানবা হায়দুনা মধুর মনোহর ওইরবা গোপী প্রেম "রাগানুগা ভক্তি" শব্দোক্লবগী মখক্তা নায়ক নায়িকা ওইনা জগৎ মঙ্গলগী লীলা কয়া শান্নরুবতনি।

শ্রীকৃষ্ণ করম্বা মতমদা অবতার ওৌখিবনো? অমস্থুং করিগীদমক্তনো?

মীওইবা থুদিংমকসি মনু বংশনি। মনুশিং অদুগী মচা-মশুমক্তনি। অদুগীদমক্তা মানুষ কৌবনি। মানুষপু মৈতৈলোন্দা "মী" হায়বনি। ইরেংজীদা 'ম্যান' হায়বনি। মঃ শব্দ অসি মান্নবদগী মনুবংশনি হায়বদা করিস্থু চিংনবিঙাই লৈত্রে। ঈশ্বরনা মী, লাই, হিংচাবা অহুম অসিবু শেম্মী। হিংচাবশিংদি থ্বাইদগী হেন্না প্রবল ওই হায়বদি মথৌনা মপাঙ্গল্ কল্লি। হিংসা কল্লি। সংসারগী মাঙনবঙা খল্লি। মীওইবগী রাখলদি য়াম্না রাংই ঙমখৈ লৈতে। মদুদি সংসারসিবু মিকুপ্তা মাঙহনবগী প্রকৃতিগী খোঙচৎ থুগায়বা অসিগী শক্তি মীওইবদা লৈ। লাইশিংসু মতম লৈবখিবিক্তা ঈশ্বরগী থৌদা অদুতবু ঙাইদুনা তুং. ইন্দুনা চৎলি। লাম্না থক চৎনদে। করিগুম্বা চৎলুবা তারবস্থু খুদক্তা ঈশ্বরদা চঙজৈ। ঈশ্বরদি অন্তর্যামীনি ভূৎ, ভবিষ্যৎ বর্ত্তমান

লোইনা থগুই। মী লাইগী রাখলস্থ লোইনা খগুদোক্লই। মীওইবশিং অমস্তুং হিংচাবশিংনা দৈব শক্তি খুদিংমক'সি অমুক অমুক মাঙহল্লক্কুনা সংসার অসি মাঙহল্লকনি হায়রবা; অসি অন্তর্যামী ঈশ্বরনা তশেংনা থগুবা উবা ওম্মী। মখোয়বু মাঙ্ক্ হনবা, শেম্বিবা হায়বা অসি পূর্ণময়: ওইরবা ঈশ্বরগী পূর্ণদায়িত্বনি। অতুনা ঈশ্বরনা শ্রীমদ্ভাগবত গীতাদা অস্তুম্না লাউথিরম্মী মতুদি :—

যদা যদা হি ধর্ম্মস্য গ্লানি র্ভবতি ভারত।

অভ্যুত্থানমধর্ম্মস্য তদাত্মানং সৃজাম্যহম্॥ অধ্যায় ৪

অর্জুন। মীওইবা অমস্তুং হিংচাবশিংনা অধর্ম্মনা মপূং ফাওক্লিল্লক্লবদা নংপলগা লোয়ননা ঈশ্বরগী খুংশেম থুগাইরকনি। অমসু ধর্ম্ম খুদিংবু মাঙহন্নবা হোৎনরকনি। বর্ণ সংকর মপূং ফারকনি। সংসারসিস্থ মিকুপ্তা মাঙলকনি। সংসার মাঙলগদবা মতম য়োৌরক্লবদা মতম মতম অতুগী জগৎরক্ষা তৌবা ওন্বা শক্তি, রূপ কয়া লৌতুনা মালেম নৈমাইদা ফোংদোকনি।

ঐনা ভাগীরূপ লৌতুনা বেদবু উদ্ধার তৌখ্রবনি, থেঙ্গু ওইতুনা পৃথিবীবু থাঙৎখ্রবনি। নরসিংহ মূর্ত্তি লৌতুনা হিরণ্যকসিপুস্থ হাৎখ্রবনি। রামগী রূপ লৌতুনা রাবণ কুম্ভকর্ণবু মাঙহনখ্রবনি। পান্থোম তরা পানথী দেবীগী রূপ লৌতুনা অমস্তুং মখল মথা অয়াম্বা মচু মওং লৌতুনা হিংচাবা কয়াবু মাঙহনখ্রবনি। বসুদেবগী মচা ওইতুনা কংস চাণুরনচিংবা কয়াবু মাঙহনখ্রবনি। অমস্তুং করিগুম্বা কলি যুগ অমদা গৌররূপ লৌতুনা পাপী খুদিংমকপু উদ্ধার তৌগনি।

মহুদি :—পরিত্রাণায় সাধূনাং বিনাশায়শ্চ দুষ্কৃতাম্,
ধর্ম্ম সংস্থাপনার্থায় সম্ভবামি যুগে যুগে।

সাধুশিংবু ঙাকপিনবগীদমক পাপীশিংবু মাঙহনবগীদমক্তা ধর্ম্মবু লিংথংনবগীদমক্তা যুগ যুগ থুদিংদা অবতার ভোই। সংসারগী অক-ফত্ত ঐগী দায়িত্বনি।

ঈশ্বরগী পাউজেল করিনো? অমস্তুং কদাইদগী ফংই? ঈশ্বরগী পাউতাক্তি বেদদগী ফংই বেদবু 'শব্দব্রহ্ম' কৌই ব্রহ্মময় ঈশ্বরগী রূপনি বেদ-গ্রন্থ "অপৌরুষেয়" নি কনাগুম্বা মীওইবা নত্রগা মুনি ঋষিশিংনা ইবা লেংবা নত্তে। থাদেশেংবা ঈশ্বরগী বাণীনি। জ্ঞানী ওইরবা মুনি ঋষিশিংনা বেদগী শব্দগী অর্থ কয়া হন্দোক্লুনা ভুং ভবিষ্যৎ বর্ত্তমান কয়া ইথোক্লুনা পুরাণনচিংবা কয়া লোংথোকপদনি। অদুগুম্বা বেদ পুরাণনা মীওইবগী মতম ওইনবা শাজৎ লমচৎ অর্থনীতি, ধর্ম্মনীতি, রাজনীতি কয়া তাকপিরি। অদুগা ধর্ম্ম, অর্থ, কাম, মোক্ষ অসি মরেক লানা শুগাইনা তাকপি। মদুদি বেদ বাক্য মতুং ইন্না ধর্ম্ম তানবা অদুগুম্বা ধর্ম্ম অদুনা মীওইবগী লন থুম তানবা, অদুগুম্বা লন থুম অদুদগী পুন্সি অসি নুঙাইনা লেনবা, মথৈদা মোক্ষ পদবী অরান-খুভম ফংবা অসিনি। অধর্ম্মনা তানবা লনথুম অদুনা ভোগ ভোরবস্থ নুংঙাইবা ফংদে। অশান্তি ওই। "অশান্তস্য কুতঃসুখম্" শান্তি ফংদ্রবা মহাক অদু কদায়দগী নুংঙাইগদগে। মীওইবা থুদিংমক ঈশ্বরগী নিত্য-দাস মাগা থাদোক্নবা য়াদ্রবা মনাইনি। মাগী পাউতাক বেদ বাক্য ইনববু ধর্ম্ম কৌই। বেদ-ধর্ম্ম মীওইবগী অধিকারনি।

## যাহং পাউখুম

**কর্ম্মযোগ করিনো ?**

মীওইবনা, জীবশিংনা কর্ম্মেন্দ্রিয়, জ্ঞানেন্দ্রিয়না শূরিবা নোমলিবা, চৎলিবা অমসুং বাখলনা খল্লিবা, ঈশ্বরগী মতিক মগুণ কয়া শোয়িবা, তর্পন শ্রাদ্ধনচিংবা পূন্নমক মহৈ য়েংদনা ঈশ্বরগীদমক্তা সমাজগীদমক্তা ইন্থোকপা। অদুগুম্বা ঈশ্বরগী থৌদা ইনবা অদুবু কর্ম্মযোগ কৌই।

**ঈশ্বরগী নাক্তা করম্বা জীবগী চঙজফম ফংবগে ?**

ব্রাহ্মণ; চণ্ডাল, শুদ্রনচিংবদি জাৎয়রদুনা মখোল থোক্ত্রবা শা, উচেক ফাওবদা ঈশ্বরগী নাক্তা পুশিনবী, ঈশ্বরদি ভক্তগী মথা পোনবনি, "ভক্তাধিনম" ভক্তশিংবু ঙাক-শেন্দুনতা লৈবনি। ঈশ্বরগী থৌদা ইনববু নিষ্ঠা ভক্তি হায়বনি, ঈশ্বরদি কনাগী মকমদসু অচান-অরাই থায়দে।

**অর্জুনদ দুর্য্যধোন্নচিংববু করিগীদমক্তা য়েংথিরিবনো ?**

ঈশ্বরগী য়াথং ইন্দবদগী ধর্ম্মগী বাংমদা খোঙদারকপদগী কাম ক্রোধনচিংবনা কুপ্পুনা লৈবদগী নাপন্ তোরকই। হিংসাবাদি নোংমা নোংমগী হেক্কৎলকই। মদুনা সংসারগী মাঙনবা অচৌবা লম্বী ওইরকই। ফৌ মরক্তা হোবা নাপিবু ফোয়দুনা হুন্দোকপগুম্না, দেহগী মাঙনবা ওইবা অনাবা, অপোম্বা, মতুম অমসুং য়োৎ মতেক্নচিংবা অদুবু ডাক্তরনা ওপোরেসন তৌদুনা লৌথোকপগুম্না ঈশ্বরনা কাম ক্রোধনচিংবা অদুতবু লৌথোকপনি।

## ঈশ্বরগী শক্তি কয়া লৈ?

ঈশ্বরগী শক্তি অহুম লৈ। মদুদি ১। হ্লাদিনি; ২। সন্ধিনি, ৩। সম্বিৎ

## ঈশ্বরগী গুণ কয়া লৈ, করি করিনো? (১৮)

ঈশ্বরগী গুণ কয়ামকম লৈ। মসি মীওইবদদি লৈতে। অদুগী অবতারশিংদস্থ গুণ অসি শুনা লৈতে। গুণশিং অদু তরুক্কা অথোইবনি। মসি কৃষ্ণতদা লৈ। অদুনা শ্রীশ্রীকৃষ্ণবু ষড়ৈশ্বর্য গুণ তরুক্কা পূল্লবা পূর্ণময় মপুং ফাবা মশক মওং মতৌ চঙথোনবা ঈশ্বর কায়বনি।

গুণশিং অদুদি ১। ঐশ্বর্য্য, ২। বীর্য্য, ৩। যশঃ, ৪। শ্রী, ৫। জ্ঞান, ৬। বৈরাগ্য। তরুক অসিনি। জগৎ সংসার অসি মপুং ফাবনি। মপুং ফারবা সংসার অসিবু শেম্বীবা ঈশ্বর মহাকস্থ মপুং ফাবনি। সাকারনি, মশক, মওং মতৌ নাইবনি। পূর্ণময় মপুং ফারবা ইবুংঙো মঙোন্দতা লৈবনি।

১। ঐশ্বর্য্য — মতিক মগুণ মঙান জগৎ শীনবা থুংবা

২। বীর্য্য — সংসারবু শেম্বীবা, য়োকপিবা, মাঙহনবা ঙম্বা মথৌনা।

৩। যশ —মাঙব' লৈত্রবা জগৎ শিনবা থুংবা মিংচৎ

৪। শ্রী — জগৎপু শুঙ্কৎপা মুংশিবা অমস্তুং ফজবা রূপ

৫। জ্ঞান —চাংজে নাইদ্রবা লৌশিং, ভূৎ, ভবিষৎ, বর্ত্তমান, অহুম অসিবু খঙবা ঙম্বা জগৎকী থম্মোয়বু উবিবা।

৬। বৈরাগ্য:—থাদোকপা কায়বা য়েংদনা "অহৈতুক" ওইনা মনিংমথা ভৌবা স্বতন্ত্র ওইবা থৎ তরুক অসি নৈ। অদুনা শ্রীকৃষ্ণবু ষড়ৈশ্বর্য্য হায়বনি। হরে কৃষ্ণ

## মাওদ্রবা ধর্ম্ম

পুন্য ভুমি ওইরব' শেংলবা ভারত ভুমি অসিদা পোকপীরম্নবা মুনি ঋষি কয়া'না ভগবৎ বানি ওইরবা বেদদগী মথল মথা অয়াম্বা কয়া লেং'থোকপীরগা জীবশিংগী অমসুং মীওইবগী স্বহাধিকার ওই-রবা পাউজেল কয়'মরুম তাকপিরম্মী মদুবু ধর্ম্ম শাস্ত্র কৌই। শাস্ত্রগী অর্থদি নিয়ম, ব্যবহার, লমচৎকী মতুং ইন্না প্রজাগী অমসুং সংসারগী মঙ্গল ওইমনবা শাসন তৌরিবা অদুবু শাস্ত্র কৌই। অদু-গুম্বা শাস্ত্র অদু জগৎ নায়ক ওইরব' ঈশ্বরগী বানিনি। বেদ হায়বদি শঙবা হায়বনি সংসারগী পঙলবা মীওইবশিংবু বেদতনা জ্ঞান ফংহল্লি জ্ঞান অদু ফংদবদগী মীওইবনা কিবা অমসুং পঙবনি। জ্ঞান অদু ফংলবদি কনাগুম্বা অকিবা লৈতে। মদুদি অমম্বদা লৈবা থৌরিবু লিন ওইনা উবা, চরোৎ হাবু'বু কৈ ওইনা খনবা, মদু মম্বদগীনি। অঙানবা থাউবৈ অমা পুশিন্দুনা য়েং-লবদি থৌরিবু থৌবি ওইনা, হাবু'বু হাবুং ওইনা অদুম উগনি। অজ্ঞানী ওইবদগী অধর্ম্ম, অন্যায়, অত্যাচার অমসুং ওম্নৈতনবা বাথল মীওইবনা পোকপনি অজ্ঞান অদুবু কোক্লবগী বেরাদি বেদতনি। অদুগুম্বা 'বেদ গ্রন্থ' অসি সংসার শেম্বগা লোয়ননা সংসারদি ভালবম্বগী দমক্তা ভগবান্না লোইনবিরক্লবনি। কনাগুম্বা

মুনি ঋষি অমসুং অথোইবা পণ্ডিতশিংনা ইবিরম্বা অমসুং লৌংবিরম্বা নত্তে। অদুনা বেদ গ্রন্থবু (অপৌরুষেয় :) হায়বনি। অনাদি :—হৌরককম লৈতবা মরম্না "সনাতন" অরেপ্পা মাওদবা হায়বনি। অসিগুম্বা বেদ গ্রন্থ অসি থাঙ্গৎশেংবা ঈশ্বরমক্তি।

সংসারদা লৈরিবা ধর্ম্ম শাস্ত্র খুদিংমক্তি অনাদি ওইদে অরেপ্পা ওইদে হায়বদি লমথাংগী ধর্ম্মমক্তনি।

লিরবা ইহুদিশিংগী ওল্ড বাইবেল খৃষ্টগী চহি ১৩০০, মমাংদা ইবিখিবনি।

বৌদ্ধ ধর্ম্মগী "ত্রিপিটক" বেদগী অয়াম্বা শরুক্তা বুদ্ধদেবগী অবোবা বাথল খরগা পুনশিন্নগা "ত্রিপিটক" পুরান অসি খৃষ্টগী চহি ৫০০ মমাংদা পালিলোন্দা ইখিবনি। বুদ্ধদেবসু মহাপুরুষ অমনি। খৃস্ট ধর্ম্মগী "নিউবাইবেল" ঈশামসিহগী বাথলদগী ইথোকহনখিবনি। ঈশামসিহসু মহাপুরুষ অমনি। নিউ বাইবেল অসি খৃষ্টাব্দ ৩০ শুবদা গ্রীক লোন্দা ইবিখিবনি। মুসলিম ধর্ম্মগী কোরান হজরত মহম্মদগী বাথলগী পাউজেলনি। হজরত মহম্মদ মহাপুরুষ অমনি। কোরান অসি খৃষ্টাব্দ ৬২২ শুবদা আরবি লোন্দা ইবিখিবনি। অমুম্বা পৃথিবীগী বৈজ্ঞানিক কয়ানা চাওরাক্লা থাজনৈ।

অদুগা হিন্দুশিংগী "বেদ গ্রন্থ" অসি কয়ম্বা মতমদা কনানা ইরমনো অমসুং লৌংবিরম্বনো হায়বসিদি সংসারগী বৈজ্ঞানিক কয়ানা খিনবদা ঙসি কাওবা ফংবা ঙম্মক্রি। হিন্দুশিংনা অমুম্বা শাস্ত্রগী প্রমান্না থাজবা ফংই অমসুং লৌপ্লে। মত্তুদি—

প্রলয়পয়োধিজলে ধৃতবানসি বেদম্
বিহিতবহিত্র চরিত্রমখেদম্
কেশব ধৃত মীনশরির জয় জগদিশহরেঃ ॥

প্রলয়গী মতমদা সংসার অসি ঈশিংনা লুপ্তনা লৈরবা মতমদা ভগবাননা ঙাগী রূপ লৌরদুনা ঈশিংদা তাউরিবা বেদবু উদ্ধার তৌই।

অদুনা "বেদ গ্রন্থ" অসিদি প্রলয়দসু মাঙত্রবা নিত্যঃ অনাদি, সনাতননি—থাঙ্গৈশেংবা ঈশ্বরগী বাঙময় বাহৈগী মশক্ ওইবা মূর্ত্তিনি হায়না হিন্দুশিংনা লেপ্পি। অসিগুম্বা বেদ মন্ত্র অসি ভগবান্না প্রজাবতী ব্রহ্মাদা তাকপীরম্মী, ব্রহ্মানা নারদ মুনিগী মফমদা তাকপী অদুদগী মথং মথং মুনি-ঋষিশিংদা শন্দোকখি। মতম অদুগী মুনি-ঋষিশিং অদুদি দৈব শক্তি মপুং ফানা লৈরম্মী অদুগা অমুকী মতিক জ্ঞান লৈরম্মী। মদুদি বেদ মন্ত্র অদু হেক্ তাবদা মথল-মথা অয়াম্বা ভূৎ, ভবিষ্যৎ, বর্ত্তমান কয়া সিদ্ধান্ত তৌদুনা পুরান, স্মৃতি, উপনিষৎ, সংহিতানচিংবা কয়া লেংথোকপিরকই। মদুবু শাস্ত্র কৌই। ধর্ম্ম শাস্ত্র অসিগী মনুংদা সংসারগী অমসুং মীওইবগী স্বত্তাধিকার ওইরবা হৌন লমচৎ, রাজনীতি, ধর্ম্মনীতি, অর্থনীতি, সমাজবাদিনচিংবা শুগাইনা প্রমাণগা লোয়ননা তাকই। অদুদসু নত্তনা জ্যোতিষবিদ্যা জ্যামিতি, গণিত-বিদ্যা, চিকিৎসা বিদ্যানচিংবা কয়ামরুম্ শুগাইনা য়াওরি। বেদ গ্রন্থ অসি কনা অমত্তনা ইবা লেংবা নত্রবনু নারদ মুনিনচিংবদগী ব্যাস মুনিনা লেংথোকখিবা চহি ৪০০০ শুম্বা শুরে অদুগা বেদবু

শরুক মরি থোক্না থাইদোকপদা চহি ৩০০০ শুরা শুরে হায়রা সংসারগী বৈজ্ঞানিকশিংনা অনুমান তৌরে অমসুং থাজরে।

অহুমা বেদনু অনাদিদি হৌরককম লৈতবনি অহুমা পুরান শাস্ত্রনচিংবা অসি সংসারগী ধর্ম্মশিংদগী অহানবনি মরুনি হায়বা অসি তশেংনা থজবা ওমলে।

আকাশতা থোক্লিবা সুমিৎ, থা, থবাম্মিচাকনচিংবা অমসুং সংসারসি লোংবা নক্রগা লোংমদি শোয়দনা মমথিগদবনি অমসুং মাঙথিগদবনি। অদুগা বেদ অমসুং ধর্ম্মদি কদৌঙৈদসু মুৎপ্রা অমসুং মাঙবা য়ায়রোই। ভগবান্না অবতার হেক হেক তৌবদা বেদসু লোইনরক্লনি। সত্য, ত্রেতা, দ্বাপুর, কলি যুগ কয়া কয়াদা ভগবান্না ঙাগী রূপ, থেঙ্গুগী রূপ অমসুং নরসিংহ, রাম, কৃষ্ণনচিংবা অবতার কয়া কয়া তৌখ্রিবনি। অবতার হোংবা খুদিংগী বেদদি হোংবা লৈখিদে।

ফেখ্রুনবা

হিন্দু ধর্ম্মনা বেদবু থাজৈশেংবা ঈশ্বরমক্তি থাজবগুম্না ইস-লাম্ ধর্ম্মনা কোরানবু, খৃষ্ট ধর্ম্মনা বাইবেলবু ঈশ্বরমক্তি হায়না থাজৈ অমসুং কোরান, বাইবলনচিংবা শাস্ত্র অদু ঈশ্বরগী মচা, মনাই, মরূপ ওইনা থারকপা অদুগুম্বা মহাপুরুষ অদুনা লেংবিখনি।

হিন্দু ধর্ম্মগী বেদ গ্রন্থদি অদুগুম্বা নত্তে। মদুদি মমাংদসু হায়জরে (বেদ—অপৌরুষেয়ঃ) বেদ অসি কনাগুম্বা পুরুষ অমনা ইবা লেংবা নত্তে, ঈশ্বরগী বাণীনি। অসিগুম্বা ঈশ্বরগী বেদগী

মাথং ওাইরবা অসিগুম্বা ধর্ম্ম অসিদু হিন্দু ধর্ম্ম কৌই। হিন্দু ধর্ম্মগী মরুওইবা মরম কয়ামরুম লৈ। মহুদি পূর্ণময় ওইরবা ঈশ্বর—ভগবানদি সংসারদা শীনবা থুংনা লৈ। সংসারগী থৌবুদি পুম্নমকী থম্মোয়দু উবিবনি, অহিংসা, ক্ষমা; দয়া, ত্যাগ অমসুং মতিক-মগুণ কয়ানা তিন্নবনি। জীবগীদমক্তা রাবিবা অমসুং মঙ্গলগী মথক ওইবনি। অনাদিনি—মাগী মথক্ মথাংদা কনা অমত্তা লৈতবনি। সংসারগী অহানবনি। অদুনা ঈশ্বরবু "গোবিন্দমাদি পুরুষং তমহং ভজামি" অস্নুম্না বর্ণন তৌই।

ঈশ্বরদি সংসারদা লৈরিবা জীবশিংদা য়েক্লবা, অচাববা, মুংশিবনচিংবা তোঙান তোঙান থায়দে। পুম্নমকী থম্মোয়দা মানা লেংদনা লৈবনি। অকাশতা থোক্লিবা সুমিৎনা মনাগী পাত্র, লৈবাকী পাত্রদা হাপ্পা ঈশিংদা চপ মান্নবা মঙাল পীবিবগুম্না সংসার অসিদা চপ মান্নবা মাগী মঙাল্ পীবি। মহাক স্বর্গ, মর্ত্ত, পাতালদা তোঙান্না লৈতে, অচৎ-চত্তা পুম্নমক্তা লৈবনি।

খৃষ্ট ধর্ম্মনচিংবগীদি অস্নুম্না হায়রে—মহুদি ঈশ্বরদি স্বর্গদত্তা লেঙদনা লৈ। মথক্তায় পানবা মীওইবতদা মাগী মঙাল পীবি। মথক্তায় পান্দবা জীবশিংদদি মাগী মঙাল অমসুং থৌজাল পীদে। অদুগা "যীশু" প্রভুদি পৃথিবীগী মথক্তা স্বর্গতদা বিচারপতিগী মতৌগুম্না লেংদনা লৈবি। অদুগুম্না ইসলাম্ ধর্ম্মগীসু "অল্লা" ঈশ্বরদি পৃথ্বীগী মপান অমসুং স্নগুতা লৈ। করিগুম্বা মতমদা পৃথ্বীদা থোংদাবিদে। মীওইবশিংনা শিরবা মতমদা কবরদা ফুম্মী। পাপ-পুন্যগী বিচার লাক্লবা মতমদা অল্লাক্না স্বর্গগী

ঢুক্ত থারকই অমসুং কবরদগী অশিবা অদু পুক্নুনা চৎলি—(হায়বদি জীবাত্মাবু) মতম অদুদা পাপ পুন্যগী মতুংইন্না অল্লানা বিচার তৌরগা মদুগী মহৈ অদু ফংহল্লি। অদুগা খৃষ্ট ধর্ম্মসু ইসলামগা চপ মান্নৈ। কবরদা লৈরিবা অশিবা অদু যীশু, অল্লাগী বিচার লাক্লিব্রা ফাওবদি অরান খুভম ফংদনা অদুম লৈ অসিনি।

হিন্দু ধর্ম্মনা হন্না হন্না হাউরি—ঈশ্বরদি পূর্ণময় মপুং ফাবনি মতিক মগুণ লৈবনি, পরমেশ্বরনি। হায়বদি পুম্নমকী মপুনি। মরোন ১৪, দা শীনবা থুংনা লৈবনি মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ পৃথ্বী অকাশনা তাদুনা শারবা অ৮৫-চত্তা পুম্নমক্তা লেংদনা লৈ হায়বগী-দমক্তা "সবর্ব ভুত্তাত্মঃ" হায়বনি অমসুং মহাক অসিনা সংসার অসিদগী খুদোল ১০, হেন্দোক্লা লৈ হায়বগীদমক্তা "দশাঙ্গুলম" হায়বনি। খৃষ্টায়চিংবনা ঈশ্বরদি পুম্নমকী বিচার মপুনি হায়নবা অদু হিন্দুশিংনসু য়াদবা তৌদে। অদুন্নদি ওইরগা ঈশ্বরনা সংসারগী মঙ্গলগীদমক্তা প্রকৃতি ফাওবদা থোদা কয়াম্‌রুম্‌ ইন-শিনবিরি। অদুগুম্বা জিবশিং অদুনা ঈশ্বরগী থোদা অদু ইন্দ্রবা মতমদা মা মানা তৌরুবা কর্ম্মগী মহৈ অদু ফংহল্লি। অফবা কর্ম্ম তৌরগা মপোক অসিগী ঈশ্বরনা থোজানবী চাকপী শেনবী। শিরবা মতমদসু ঈশ্বরগী খুয়াথাদা চংজহল্লি স্বর্গনচিংবা ফংহল্লি। ঈশ্বরগী থোদা ইন্দ্রবা অত্যাচার, অনাচার চৎলবা মহাক অদুদি মাগী পূন্সি অদু খুদোং থীবা কয়া থোকই। মীনসু থীনা হায়নৈ। মীনা থীনা হায়নবা অসি অচৌবা পাপ অমনি। শিরবা মতমদসু ঈশ্বরগী খুয়া য়ৌবা ঙমদুনা তিন কাং ওইনা

পোকই। মসিদা ঈশ্বরনা স্বর্গ, মর্ত্ত, পাতালদা নৈদুনা নংনা করি পাপ পুন্য তৌই হায়দুনা বায়েন বিচার তৌদে। মা মানা তৌবা কর্ম্মগী মহৈ হিংলিতৌদগী হৌনা কংজবতনি।

হিন্দু ধর্ম্মগী শ্রীশ্রীমদ্ভাগবত গীতানা হয়া হয়া লাউরি। জগৎ পুন্নমকপু অমত্তা ওইনা খল্লবা অতোনবা, য়েরুবা, ইনাক খুনবা, শা, উচেক, উ, নাপিনচিংবা কাওবদা অমত্তা ওইনা খল্লবা মহাক অদু অথোইবনি। হায়বদি জিবশিংবু চপ মান্না খল্লু সুংশিন্নু মদুনা সংসারগী মঙ্গল ওইগনি। অদুনা বেদ বাক্য মতুং ইন্না জিবশিংনা নাপি, উ, ঈশিং, নুং, নৈবাক, উচেক, শা, মথবাই পান্দবা পুন্নমকসি অতোনবনি মরোল থোক্কবনি হায়বা খল্লুদনা ঈশ্বরমক্কি হায়না পুজা তৌনরি। মীওইবা মশেল ফাওবা পুজা তৌনরি। অচৎ-চত্ত পুন্নমকসি ঈশ্বরগী অংশনি পুন্নমক অসি মরূপনি হায়বা ভশেংনা বেদনা তাক্লি।

## হিন্দু ধর্ম্মনা তাক্লি:—

অহিংসা পরমঃ ধর্ম্ম:—মীকুপ অমগী শাওনিংবগীদমক্তা হিংসা তৌদবনা থাইদগী অথোইবা ধর্ম্মনি। "শিবম্ সত্যম্ সুন্দরম্" অচুম্বতনা ফজবনি, অচুম্বতনা মঙ্গলনি, অয়েন্নানি। দয়া:— জিব থুদিংমকপু থোক্কানবীবা মীগী তৌবিমল কাউদবা, তুম্নবা মীবু খুনমক চিংখৎপিবা; অদুগা কনাগুম্মা ফত্তবা মাংননবা তৌরকপা থুদিংমক্তু অকবা চুংশিবা বাহৈনা লমন শিংবা অসিনি। অচান মীরান নাইদবা মিৎয়েংনা য়েংবা মতমদা হিন্দু ধর্ম্মগুম্মা নুবা

অমসুং মিসুংশি চাওবা অতৈ ধর্ম্মদগী পংথল হল্লরোই। অদুনা সংসারগী মীওইবা অমসুং জিবশিংগী মঙ্গলগী মশক ওইবা, কনা-দন্ন তাথীবা লৈতবা পুন্নমক "ব্রহ্মময়' ওইনা উবদি হিন্দু ধর্ম্মনি। অদুগা সংসারগী ধর্ম্মগী মরূপ হিন্দুগী বেদ ধর্ম্মতনি। অহিংসা, ক্ষমা, দয়া, ত্যাগনচিংবা পাওতাক থরদি বুদ্ধদেবনা লৌখি। বৌদ্ধ ধর্ম্মদগী, ইহুদিশিংনা লৌখি। মূর্ত্তিপূজা অমসুং বলিনচিংবা তৌবিরম্বা অদু হিন্দু ধর্ম্মদগী লৌখিবনি।

খৃষ্টনা পোকপা চহি ১০০গী মমাংদা প্যালেষ্টাইন্দা "এসে-নিস" হায়না কৌবা "ইহুদি" সম্প্রদায় লৈরম্মী, ইহুদিশিং অসি বুদ্ধদেবগী সম্প্রদায়নি হায়নৈ ঈশামশিংনা মিশর দেশতা অরোনবা কিজেৎ থোন্দুনা লাক্লগা "থেরাপিউট" কৌবা "এসেনিস" সম্প্রদায়শিংগা উনদুনা ধর্ম্মগী মরমদা কুপ্পা নৈনখি। মদুদগী ঈসানা বুদ্ধনীতিদা পুক্লিং লুপখি মতুংদা ঈশা কাশ্মিরদা লেংবি-রকখি। চহি ১৮দগী ৩০, যাওবদা ভারততা বৌদ্ধ সন্যাসীগুম্না লৈদুনা লিরবা ভারতকী আর্য্য ধর্ম্ম শিক্ষা সংস্কৃতি মুম্না নৈনখি অমসুং লৌখি। ভারত থাদোক্লূনা হনখ্রগা বেদগী পাউতাক থরগা ঈশাগী অনৌবা রাথল থরগা প্রচার তৌখি। ঈশাগী শিষ্য খুদিংমক গৃহত্যাগী, ব্রহ্মচারি মকনি, খৃষ্টিয়ানশিংগী গৃহত্যাগ, ব্রহ্মচারিনচিংবা অসি হিন্দু ধর্ম্মগী বেদগা মরি ফজনা লৈরে। ঈশাগী লেখকশিং অদুনা "নিউ বাইবেল" ইবি লেংবিখিবনি। বৌদ্ধ ধর্ম্মদি হিন্দু বেদ গ্রন্থদগী অয়াম্বা লৌখিবনি।

হৌজিক ফাওবদা হিন্দু ধর্ম্মনা অতোপ্পা ধর্ম্মশিংগী মথক্তা অত্যাচার, অন্যাচার, করিমত্তা তৌদে। ধর্ম্ম থুদিংমকপু স্বাগত তৌই। ভারতা জাতি কয়ামরুম লৈরক্লবনি মখোইগী মথক্তা ধর্ম্মগী মাইয়োক্তা হিংসা, লান্নচিংবা তৌখিদে। খৎনব-চৈনবস্ন লৈখিদে। অতোপ্পা ধর্ম্মশিংনদি হিন্দু ধর্ম্মবু ম্রাম্না তাথিখি, নোক্লখি অমস্তং হন্থবা মিৎয়েংদা য়েংনখি, য়েক্লবা ওইনস্ন থনখি।

হিন্দু ধর্ম্ম অসি সংসারগী থ্বাইদগী হেন্না লিরবা জাতি ধর্ম্ম থুদিংমক্তা তমজগ্রবা ধর্ম্মনি। পৃথিবীদা খৃষ্টগী মমাংদা ধর্ম্ম কয়া-মরুম লৈরম্মী অয়াম্বা মতম কুইনা পুন্সিখিদে। পৃথিবীগী লিরবা এসিরিয়া, বেবিনোনিয়া, মিশর গ্রীস, রোমনচিংবনা চৎলম্বা ধর্ম্ম-শিং অচু মতম কুইনা পুন্সিখিদে। অতোপ অতোপ্পা ধর্ম্মদা চংনখি। সংসারগা হৌদোকমিন্নরকপা হিন্দুগী বেদদি ঙসি ফাওবদা মাংদ্রে। পৃথিবীগী ঙমখৈ অমদগী ঙমখৈ অমা ফাওবা জগৎশিনবা থুংনা বেদগী মঙালনা নোংমা নোংমগী পুমলং লংখৎলকই। অদুনা ঐখোয় পুন্যভুমি অসিগী মৈ ঈশিং সুংশিৎনা তাদূনা শাররা মীওই-বনি। পুন্যভুমি অসিদা পোক্লরবনি। ঐখোয় ভারত বাসিনি। "ত্বয়া হৃষিকেশংহৃদি স্থিতেন যথা নিযুক্তোহসি তথা করোমি" হে থম্মোইগী মপু ওইরবা "হে হৃষিকেষ" নংনা ঐখোয়গী থম্মোইদা লেংদনা লৈবিদুনা নংনা ইনশিনবিবা থৌদা অদুতবু লৌজবনি। ঈশ্বরগী থৌদাতবু ঙাইজবা ঐখোইনি। ঐখোই অপুম্বা অহিংসা পামজবা, হিন্দু জাতিনি হায়রক্লবদা কনাগী মফমদা করিগী ইকাই-রুগদবগে? অকবা পাউতাক লৌববু করিগী অমাংবা লৈবগে?

শা-ঙা. যুক্তনা তাদুনা শাৱবা পৃথিবীগী মীওই লক্ষ লক্ষাৱা হিন্দু ধর্ম্মদা চংশিল্লকই। মরমদি সংসারগী মীওইবা খুদিংমকসি যথাধিকার অচুম্বু ফংজরগা মোক্ষ পদবী অমসুং ঈশ্বরগী খুৱাধা য়োবা অচুম্বু খোৱাংনা তাইজবনি। জগতকী ভিব খুদিংমক সংসারদা তাল্লিবা সুখিংকী মতাল অচুম্বনা উরি চৎলি। মকু হায়বা উচেক্তি অমম্বা অহিংবু অঙানবনি লৌরি। ঐখোয় সংসারগী চৎনবিগী ধাংমদা অঙানববু অমম্বা ওইনা উবা অমম্ববু অঙানবা ওইনা উবা মকু হায়না কৌবা উচেককুম্না থনবা ওইবা য়ারোই। সংসারগী মতাল ফংজরবা মীওইবান।

ঐখোয়বনা পাম্মি, বেদ বাক্য, ঐখোয়নাপাম্মি; অহিংসা, দয়া, ক্ষমা, প্রেম, ঐখোয়না পাম্মি মানুষব অধিকার।

ঈশ্বরদি, ময়াংগী, মৈতৈগী, সাহেবকী মুসলমানগী তোঙান তোঙান্না লৈতে জগৎকী মপুনি। অচুম্বগুম্না বেদসু জগৎকীনি।

মখিৎ তাংলবা মীওই কয়ানা চাওরবা শাস্ত্রবু তোঙান তো-ঙানবা রূপ থংবা অচুম্বগুম্না পঙলবা মখিৎ তাঙলবা মীওইবশিংনা ঈশ্বরবু তোঙান তোঙান থমবতনি।

ঈশ্বর কনানো। কদাইদা লৈবগে ? মানা জগৎকী করি তৌবি, মাগী শক্তি করিনো হায়বা অসি জগৎকী অথং অহৈ কয়া মরুপ্পা প্রমাণ খুদমগা লোইননা তশেংনা থংবা তৌরবনি।

রাজনিতি দল ময়াম অসি পৃথিবীগী মচি মচি খুদিংদগী হৌরকপনি। ময়াংগী, সাহেবকীনি হায়দুনা বিল্পাদি তৌনদেনা

সংসারগী ওইবা অমবা লম্বী পাউতাক অদুভবু পুম্নমক্না তাম্নবনি। অদুগা জাতি খুদিংগী তোঙান তোঙানবা ঈশ্বর লৈতে। জগৎ শেম্বা মপুদি অমখক্তনি। "সর্ব্বকারণকারণম্" পুম্নমক্কী খোবুদি মহাক্তনি মদুমক্ শ্রীকৃষ্ণনি। মশামক্ পূণ্য ভারত-ভুমিদা জ্ঞানী, মুনি, ঋষি কয়ানা হায়জরুবদগী কৌজবদগী মীগী রূপ লৌদুনা থোঙদাবিরুরবনি।

ঈশা হায়বদি বেদদা ঈশ্বর হায়বনি। ঈশ্বরবু খৃষ্টানশিংনা ঈশা হায়রৈ। মদুনি "ঈশা মসিহ।"

রোমান কথলিক হায়বা অসিসু কথ উপনিষৎকী মখিংগা মান্নৈ। অসি নত্তনা সংস্কৃত বেদ ভাষাগা ইংলিসকা মরি লৈনবা মান্নবা উদে। অদুগুম্না মুসলিমশিংগীসু অল্লোপনিষৎ হায়না খেংনজৈ। —অল্লা+উপনিষৎ আল্লোপনিষৎ ওই। অদুনদি খৃষ্টান, মুসলমানশিংগী ধর্ম্ম অসিসু হিন্দু ধর্ম্মগা মান্নবা কয়া য়াওই হায়বা অসি তশেংনা থাজবা য়ারে। হরে কৃষ্ণ।

## ধর্ম্মগী মায়থোং

১। মৈতৈ ধর্ম্মদা দশকর্ম্ম শ্রাদ্ধ, ষষ্ঠী পুজানচিংবদা ঘট পুজা, ইমাইকু লাৎপনচিংবদা হিন্দুগী পুজাগা থর মান্নৈ। মখিং, পোৎশক, লোললচিংবদা খেন্নবনি। তুলসিগী মহুত্তা তাইরেন-মনা, পঞ্চদেবতা, ১। বিষ্ণু, ২। শিব, ৩। গনেশ, ৪। সুর্য্য ; ৫। দুর্গা—মণ্ডাগী মহুত্তা-মণ্ডাং ; লুবাক ; খুমমচিংবা অসি খেনৈ। পুজাগী গঙ্গা আবাহনগী মন্তরদা গঙ্গেচ, যমুনানচিংবগী মহুত্তা ইরিল তুরেল, খোবাল তুরেল, কোংবা তুরেলনচিংবা কৌবা।

অদুবু গুলি ফাওবা প্রাচীন অমাইবা-অমাইবীশিংবা সনা-মহি, পাখংবা ইরাৎ থৌনি তৌবদা মথকী অতুম্বা তৌদবা ঊমাং জাবা লৈতে।

থা মাইকৈ তাক্রবা ইবুধৌ বাংব্রেনগী ইরাৎ পুন্নাদা "ইসাইকু" হৈনৌ মনাদা লৈতেংতুনা তেনজৈ থরি খুংলংগা লং অহিংবদা কোয়বা মথাদা যামনচিংবা য়েক্তুনা কৌনচিংবা থাবা তৌশিন্নি অমসুং তৌনবে মতুগী বিধিসু চৎনরক্তে।

২। ব্রাহ্মণশিংগী শ্রাদ্ধদি দান থুদিংমক নিত্তোলশিংদা পীখোকই। নিত্তোল ময়াম্না গুরুজনশিংগী প্রেত পক্ষগী দানদা থম্মোয় নুপ্নখিতুনা নংনা-মানা য়ামই যাবদে হায়দুনা নিন্দা তৌনরি।

ক্ষেত্রিশিংগী শ্রাদ্ধগী দানদি পুরোহিতনা লোইনা ফংই। ক্ষেত্রিশিংগী নিত্তোলদদি য়েনখিবে। যজমানগী দান পুরো-হিতকীনি।

পুরোহিতনা মায় মপা ওমা প্রেত পক্ষদা (অশিবদা) ফংলবা অমায় (অহিংবা চেং, থি, থোইদি, থোইত্রিং তোৎলবা) তুমদা হায়গা অশিবগী অবেদা লুখাক অতুবু চেংস্রীপদা অম্মা তৌদুনা থৌ, থোইদিমচিংবা তুম্না মচিদা ক্লাবশিনবা, থোইদিং থী লৌথোকহল্লগা চেংনা পেংনা পুরোহিতনা কৌশিনুবা, তাহৌরিবা পোৎ থুদিংমক্কা লৈখোৎনা থেংথোকপা, বাট্টু তৈথোকপা মত্রগা লোয়ননা শান্তি তৌনা নাসি তাচৌগী ধর্মগী নিন্দাগী মথক্তি, অচৌবা পাপ অমনি।

সংস্কার তৌবিরৈদা মান দক্ষিণা কংপা অমসুং লৌনবা, প্রেত দেহ ( অশিবা মশা ) অসিবু চৈ, থাও, য়োং, কয়ানকুম্ ফিজিনলগা, সংস্কার তৌরিবা মেবারীশিংবু যুথিং অসিনচিনা অথুব-অহাও হৌইদুনা, থোংগুবা মীদমসা অয়িনচিংবা মথক্তা মরাম অমি ধর্ম্মবু মথক মীহনবনি।

বেদগী অঙ্গ—পুরান, মহাভারত, রামায়নবু থা অমা চুপ্পা পাঠ তৌবা মতমদা রস চুপচরিবা ভাবক অমসুং শ্রোতা-শিংবু য়া-য়া নোকহনবা অসি থাইদগী হেনগা মীনবা অমসুং বেদবু থৌশাদবা পোকহল্লি।

৩। মতৌনবা জাতিশিংবু ওঁ শব্দ: হায়বা য়াদবা য়ান্নুষ্যত্ব অধিকার কংহন্নবা, ওঁ শব্দদি সৃষ্টি, স্থিতি, প্রলয়গী কর্ত্তা— ব্রহ্মা, বিষ্ণু, মহেশ্বর অহুমবুনি। অদুনা ঈশ্বরগী মিংলেন শোয়নবু শুদ্রনি অতৌনবনি হায়দুনা করিগী শোনবা য়ারোইদবগে। শ্রীমদ্ভগবৎ গীতাদা শ্রীভগবাননা তাকপীরম্মী—

“চাতুর্ব্বর্ণ্যং ময়া সৃষ্টং গুণ কর্ম্ম বিভাগশ:” হায়না সংসারগী মচলগীদমক্তা গুণ কর্ম্ম মরি থোক্না থায়দোক্লা শেম্মী। মদুদি— ব্রাহ্মন, ক্ষেত্রিয়, বৈশ্য, শূদ্র অসিনি। মুশক, মওং-মতৌ, মচু মাইনা তোঙানবা রূপ ওইনা শেম্বা নত্তে। থবক অদুনা মরি থোক্না থায়দোকপতনি।

বেদ প্রচার তৌবা ব্রহ্মগী গুণ য়াওনবা মহাক মদু ব্রাহ্মণ হায়রবনি। বেদ শাস্ত্রগী মতুংইন্না মীওইবা সমাজগী কায়দবা

অমসুং থুদোংথীবা কয়াদগী কনবিরিবা অদুগুম্বা শাসন তৌরিবা অদুবু ক্ষেত্রিয় হায়বনি।

ধর্মগী মথা পোয়া লৌউ-শিংউদুনা জগৎকী হিংনবা, অমসুং লল্লোন-ইতিক তৌরিবা মখোয় অদুবু বৈশ্য হায়বনি।

মীওইবা সমাজগী সেবা তৌরিবা অদুবু শূদ্র হায়বনি। থবক মরি অসি ঈশ্বরনা মীওইবদা লানথোকই। মা মাগী মতিক মগুণ অদুগী মতুংইন্না তৌবতনি।

ব্রাহ্মণসু শূদ্রগী থবক তৌরবদি শূদ্র হায়বা য়াই. অদুগুম্না ক্ষেত্রি, বৈশ্যনচিংবনা তৌরিবা থবক অদুগী মতুংইন্না ব্রাহ্মণ-ক্ষেত্রিনচিংবসু অদুম হায়বা য়াই।

উকিল বাবুনা পোকপা মচা অদু উকিল ওমহৌরবদি নত্রগা লাইরিক ওমহৌরবদি অতোপ্পা লৌউবা, লল্লোনবনচিংবা কয়ামরুম তৌবা তাবনি। অদুনা উকিলগী মচা অদু দুকান্দার, লৌমী হায়বা তাবনি।

সেবা তৌরিবা মখোয় অদুগী মচাশিং অদুনা লাইরিক য়াম্না হৈদুনা ব্যারিষ্টর কাওবা ওমদুনা ব্যারিষ্টরগী থবক তৌরবদি উকিল বাবু হেক্তা হায়গনি।

পরশুরাম ব্রাহ্মণনা ক্ষেত্রি ওইখি। —বিশ্বামিত্র মুনিনা ব্রাহ্মণ ওইখি। নরোত্তম দাসনা (শূদ্রনা) নরোত্তম ঠাকুর (ব্রাহ্মণ) ওইখি।

অদুগুম্না নোংচুপলোমগী চাওখৎলবা সমাজদসু বর্ণ মরি অসি লৈ অমসুং থারদোকই। মদুদি— ১। মিশনারি,

২। মিলিটরী, ৩। মার্চেন্ট, ৪। লেবর অসিনি। উগী উহৈ, মপাগী মচা মায়রুবদগী মাগী মাগী জাতি থাইদোকখিবগনি। থবক অরাংবা, অমেম্বা তৌই হায়দুনা ঈশ্বরনা কনাদুম্ব হন্দুনা রাংবা য়েংদ পুম্নমক চপ মান্নে।

শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুনা অতুম্না তাকপিরম্মী। মদুদি—"জীবের স্বরূপ হয় কৃষ্ণের নিত্যদাস" জীবশিং অসি শ্রীকৃষ্ণগী ভৃৎনবা থানবা য়াম্রবা মনাইনি। মীপুম্ খুদিংমক থবক, কুচ্ থেমরবম্ব চপ মান্নবনি। পুম্নমক ব্রহ্মময়নি।

তোঙান তোঙান থনবা য়াদে। ঈশ্বরগী থোদা ইন্দবদগী বেদ বাক্য লৌনবদগী অমত্তুং লমচৎ ব্যবহার নৈনদবদগী তোঙান্না থম্নরবগনি। চপ মান্নরবদি কনসু তোঙান্দে। হরে কৃষ্ণ।

## ওঁ নমঃ

হৌজিক্কী সভ্যতা অসি অচৌবনা অপিকপবু নৈথাইবা; অরাংবনা অনেম্ববু নমথদুনা থম্বিবা, মীওন্দগী নমথাক তৌদুনা মীনমদুনা কংলকপা শেন-থুম অদুনা মাগী সুংঙাইবা, অপেনবা হায়বদু ওইরি।

অদুনা সমাজদা, অরাবা, খুদোংথীবা, হাৎনথুনবা কয়া থোকহনখি। মহৌশাগী সভ্যতা থুগাইরক্লি। মদুনা সমাজগী জাতিগী চাওখৎ খোঙথাংদা তুং শোন্থহোই।

মীওইবনা ধর্ম্ম য়াওনরকহুনা ঈশ্বর মাগী পাউতাকপু থাজ-নরক্কে। ঈশ্বরবু থাজরকপা মতমদা প্রকৃতি দেবী, মায়া দেবীনা মীওইববু থুদোংবীবা, অশান্তিনচিংবদা তাহল্লি।

ঈশ্বর মহাক্না জগৎ অসিবু শেম্বী শাবিবা মপুনি, মহাকমক শ্রীকৃষ্ণনি। ঈশ্বরগী থোজাল ক'ন্দ্রবদি ধর্ম্মমু অমুম মাগুশিল্লকই, ধর্ম্ম য়াওনরক্ত্রবা সমাজ অদুদি মরূ কংনা মাগুশিল্লকই। সমাজগী জাতিগী পাঙ্গল ওইনবা শ্রীচৈতন্য প্রভুনা অসিগুম্বা মহামন্ত্র অসি তাকপীরম্মী।

হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে।
হরে রাম হরে রাম রাম রাম হরে হরে।

হায়বা কীর্ত্তন অসিনা সমাজগী শক্তি কনবা অখোইব উপাইনি

বেদ বাক্য ওইরবা নারদ পঞ্চরাত্রনম্ভ অমুম্না তাকপি।

হরের্নাম হরের্নাম হরের্নামৈব কেবলম
কলৌ নাস্তেব নাস্তেব নাস্তেব গতিরন্যথা।

কলি যুগ অসিদদি হরিনাম মতুনা অতোপ্পা লম্বী অমত্তা লৈতে।

১। হরিনামজনা মীওইবগী অধিকারনি
২। হরিনামজনা মীওইবগী নমচৎ শেংদোকই
৩। হ[illegible] জগলনি
৪। হরিনামজনা অখোইবা [illegible] প্রেমনি
৫। হরিনামজনা মীওইবগী [illegible] মোহনি।

